# নোহাখোলগী মায়কৈদগী

নোংচুপ হারম খোয়রৈজে লুপ ( নোহাখোল ) সাহিত্যগী লুপ অসি লিংখৎচখিবদগী লেম্না লৈতনা ঙসি ফাওবা সাহিত্যগী সেবা তৌজরক্লি। ঙসি ফাওবদা শৈরেং, ৱারী মচা, উপন্যাস, ড্রামা, শুমাংলীলা অমসুং নৈনরোলগী ওইবা লাইরিক কয়ামরুম সাহিত্যগী লৈকোন্দা থুদোনজরকলি। শ্রীশশীকুমার ইবগী লম-সিদদি অনৌবা অমা নত্রে। শশীকুমার অইবসি শুমাঙলীলা, উপন্যাস অমসুং শৈরেংনচিংবা কয়াদা খুৎ থারিবা অইবনি। ১৯৯৯ দা শ্রীশশীকুমার শুমাঙ লীলাগী লমদা "খোয়রৈজেংবা" হায়বা মিংথোল অমসু কংলৈপাক ট্রেসকী মায়কৈদগী মিংথোল ফংখ্রে। সাহিত্যগী লমদা খোইদোক্লা থবায় য়াওজবা মীশক অমনি। হন্দক্কী মহাক্কী শৈবে লাইরিক "অচুম্বসিবু লৈরিবরা" হায়বা নোহাখোলনা পুথোকচবা ২৬ শুবা লাইরিকসি লমদমসিগী সাহিত্যবু মুংশিখিবা মীয়ামদা চন্না খুৎশিন্নজরি।

পৌরো থোঙামচা

তাং ১৬-৪-২০০০ — প্রেসিদেন্ট

য়ুরেম্বম — নোংচুপ হারম খোয়রৈজেলুপ, (নোহাখোল)

য়ুরেম্বম।

# অইবদগী খৰদং

সাহিত্যবু তাশংনা নুংশিজবনি, অর্থ খঙনা মন্নুং হুনজিন্না মহাক্তা খঙনা নুংশিবদি নংচদে। অতোপ্পা লোমশিংগী সাহিত্য মৈনমলবস্ত ওইজদে। অঙাং ওইরিঙৈদগী পামজরকপনি। লমদম্ব-শিদা খোঁয়না চংচকবা, মতম মতমগী থশোয়দা কাওরকপা খরক্তং ফোঙদোকচবনি। মসিমক্তা ঐগী খাইদগী পামজবা অমদি ওইরি। মমাংদা শৈরেংগী লাইরিক "ইম্ফাল সহর, শাবী লাউ লাউ" ফোঙ-জরে। লোইমনা "লৈথাক ওন্নে কুচু ওন্নে" অমদি "নোংঙও চুখরো" হায়বা শৈরেংগী এন্থোলোজিশিংদা শৈরেং ৩০ মুক ফোঙজরে, অতুগা অতৈ অতৈ চেফোঙশিংদা শৈরেং ৫০গী মথক্তা ফোঙজরে। পুম্নমক পামজবগী ফোঙজবনি। মসিমক্তা কবিতা ইবা অইবা অমস্তু ওইজদে, কবিতাগী মন্নুং হুনজিনবা শকলোন উংচনবগী ইগুণস্তু লৈজদে।

মতমসিদা "নোংচুপ হারম খোবঙ্গে লুপ" য়ুরেম্বমগী মাযৈকদগী শৈরেং লাইবিকসি ফোঙদোকচনবগী তাঞ্জা ফংজবসিমক ঐগী লাইবক কননি। শৈরেং লাইবিকসিবু ফোঙদোরবগী হোংনবদা তেংবাংবীবকখিবা মরুপ মপাং পুন্নমকপু ইকাই খুম্নজরি। লোইননা মথুমগী লাই য়েকপীরিবা জয়চন্দ্র তেরা অমদি খোঞ্জালহৈবা প্রেমকী মরুপ-মপাং খুদিংমকপু থক কাওজরোই।

শশীকুমার

তাং ৫-২ ২০০০ য়ুরেম্বম।

## শৈরেং মাইহিরিকসিদা

## লাক্নরোহন্দ্রা

মরুপ.........

অরোইবা মতম লাকহল্লিংই

তোঙান-তোঙানবা জাতিগী

মাগী মাগী পামজবশিং

ধর্ম্মগী চৎনবী কয়া কয়াশিং

মনিং তম্বা পামজবশিং

পুন্নমক খঙনা উনা হায়ঙমদে।

পৃথিবীসি অমুক্তং তুমহল্লিংই

ঐ ইতোমতা হিংহৌনিংই

ঐখোয় হিংবগী মহাও খঙত্রবশিংদা

লাইর অনংগী খেৎনবশিংসিদা

অমুক মকোক্তগী হৌমিন্নবা

জপান এটোম মুংশিরকইদা।   *

তাং ২৮/৫/৯৬

# তুম্বা ঙাইরিবরা ?

বাক্‌ৎকম লৈত্রবা লৈবাকসিদা
অচুম্বা শরুক য়াওত্রবা লৈবাকসিদা
নোংমগী মীশি-মীনা লেপত্রবসিদা
বন্দ, স্ট্রাইক, ব্লোকেট
শুংশিনদবগী, য়ানদবগী ওইজবগী দাবীশিং
হে মতমগী মীনা শেমথিবা লাই,
ইরাংনা থল্লবা মতমসিফাও
তুমথুন তাল্লিত্রা নিঙাইদনা
কুম্মৈ য়েংলিত্রা ?
শক্তি থিল্লিত্রা ?
পৃথিবী তুম্বা ঙাইরিত্রা ?
তাঙমদরে, থাঙমদরে, পুঙমদরে।
হৌরো তারো হৌরো *

তাং ২৮/৩/৯৬

# গণতন্ত্র

পৃথিবীদা খ্বাইদগী মচিন থিবা
মীয়াম্না ফজৈঁ ফৈ ঙাংনরিবা
যুকসিগী খ্বাইদগী ফজবা ওইনরিবা
মীওইবা জাতিসিনা ফংগে তাল্লিবা
অৱা-অনা, লাইরু-অনংগী মরুপ !
মমাই মশিং খঙদবা
মমৈ মকোক নাইদবা
অরোইবনা অহৌবা,
অহৌবনা অরোইবা
অচুম্বনা অরানবা,
অরানবনা অচুম্বা
ৱারক্কী তয়ানগুম চঙথোনবা
নুংশা মঙালগী লিক্লি মচেৎ
লমদমসিগী গণতন্ত্র শকলোৎপা *

তাং ৩০/৮/৯৯

# মতম য়োদ্রিবরা

চম্লা হিংখিগদ্রা ? ঐখোয়সিবু
চাদনা হিংখিগদ্রা ? ঐখোয়বু
মখোয়গী শাম্নপোৎ ওইহনখিগদ্রা ? ঐখোয়বু
মফম খুদিং লমদম কয়া কয়াদা
থোক্লিবা বাখোক লেপ্তনা
থোদোক অমা, বাখোক কয়া
বাখোক অমা, মীশি কয়া
মীশি অমা, প্রজাগী ঈহৌ
প্রজাগী ঈহৌ, লৈবাক্কী বাখোক
বাখোক্লগা শেনতান লম্বী ওইনরিবা ?
মতম মতমগী অঙম্বা
কনানা কমদোনা তেমশিন্নগনি
কমদোনা কনানা শান্তি থমগনি
খন্থমীন্নবা মতম য়োদ্রিবরা ? *

তাং ৯/৮/৯৯

# অকিং

থাদোক্লবা য়াদ্রবা অনি
থাদোক্লররোই থনঙবাও মীয়াম্না
থাজবনা মাঙদা থম্নপ্রবা
থম্মোয় থম্মোয় ভিংথোক্লতুনা
অতুবু ··· ·· ··· ···
খঙহোদবা মীকুপ অমদা
মশা মশাগীতা থিনরকপদা
মতম্না পুবকপা পাওখোঙ
ঐগী মীগী নাইরকপদা
যান্নবকাতে
মান্নরকতে
খেৎনরকই
লৈবাক শেমলুনি চৎনখি
লৈবাক কল্লুনি খোঙশান্নখি। *

তাং : '৬/৯৭

# অশান্ত কবি

কনাগী ঈংল্লাজী, কনাগী হীন্দী  
লোল তমজুকলা মারাথী  
হরান্দুনা লৌরুবা গুজরাতী  
তীমবঙ্গী খঙজকপা বঙ্গালী  
লোল গুরে ঐনা হোতনজবা  
অঙৌবা মচেত, অঙাংবা মপুম  
অমুবা পুরা, অশঙবা মগুঙ  
ঐখোয় লৈবাকী কজবা কয়া  
হেন্না লোন্না থেতচীন্দুনা  
শৈরেঙ কয়া ঈথী  
শঙ্গ কয়া তৌজথী  
লুপা পৈশা শঙ্গ  
ঈকাইবা কয়া থাদোকঈ  
হোতনবা তন্দবা ঈকাঈবা খঙদবা  
পুন্নমক পুন্সীন্দুনা পুথোকচবা  
ঐগী লাঈরীক  
ঈনীঙবা বনাল, লমদমসিগী  
হোতনজমল একাদেমী মনা লৌজৈ  
ঐনা খল্লী ঐখোয়গী লৈবাক  
য়াদবা লৈতে ঙমদবা য়াদে  
অচুম্বসু অরানবসু লুপান,  
মমাই চুম্বা লৈবাকনী। *

তাং ২২/১০/৯৬

# যুগসিগী ঈশ্বর

যুগসিগী মীৎনা উবা ঈশ্বর
ধর্ম্মবু থাজবা মতমগী মীওইবা
চহি কুমশিং কয়া কয়াদগী
ঈশ্বর ভক্তিগী আসনদা
চাবা থকপা থাদোক্লত্নুনা
নমথাক লাংগী মঙুংদা
ঈশ্বর নামগী নামাদা
শেমজিন শাজিন্নবা লাইশোন্দা
মতম কযা কয়া নিংনরিবা
করম্বা কৃষ্ণনা
কনাগী বৌদ্ধ
কদাইদগী যীশু
কদোমদগী শিদবনা
করম্বা চহিদা করম্বা মতমদা
মখোয়বু নিংজ-শোনজবগী কান্নবা
ফংলব্রা? হে! মতমগী মীওইবা
লম্বী লান্না চৎলুবই
লাইনিং শোইনা নিংলুবই
পূজা লালনা তৌকুবই
অবা পোৎলুম নংবনি।
অরেম্বনি পুন্নমক অরেম্বনি
কৃষ্ণ, বৌদ্ধ, যীশু, শিদবা
অলহা, জৈন,
পুন্নমক মতম-মতমতুগী মীওইবনি

ঈশ্বর হায়বা তোপ্পা লৈতবনি।
থাজবনা ঈশ্বরনি,
ঈশ্বর ফংগে নিংলবনি
কৎলুরাও অথেনপোং
ফংগনি অনিংবা শযং ওইনা
থুংগনি অপাম্বা মতমসিদা শযং ওইনা
যুগসিগী ঈশ্বরদি মন্ত্রিনী
অচুম-অরাল, অফ-ফত্ত
হায়দোক-হাযজিন শেমদোব-শেমজিন
যাদবা লৈতে, ওমদবা য়াওদে
লাইনিং লম্বী ওন্নবই
মতম কুইনা চংবনি
যুগসিগী অথোইবা ঈশ্বরদি
শযং শযং লৈনবনি
কাওগনু মীওইবা, অপংবা
মন্ত্রি, অফিসারনা ঈশ্ববনি। *

তাং ৩১/১০/৯১

# কনানো ?

নঙ য়াওদনা হিংবা ঙম্মদে
নঙনা লৈতবা মফমদা লৈঙমদে
নশকস্থ উদে, নশক থঙদে
নগুণদি তায় নতৌদি উদে
স্তাইবঙগী জীব পুম্নমক
নতেঙতনা হিঙলিবনি হায়নৈ
নঙগী নগুণ কয়াদা চাউগ্রবা
নঙগী নথৌনা কয়াদা কনগ্রবা
পৃথিবীগী মফম খুদিং
মালেমগী জগা কয়া কয়াদা
নঙনা লৈতবা য়াওদে মহাইনৈ
ফজবগী লোৎপরা ?
অথিবগী ইকাইবরা ?
নপাউস্থ তাদে নোংমতা
নঙ য়াওদনদি হিংঙমদে,
কয়াদা চাওগ্রবা, কয়াদা ঙমগ্রবা
নঙবু কদায়দা লৈবগে ?
নঙবু কনানো ? *

তাং ২৮/১১/৯৯

# খঙ্হৌ মুন্না খঙ্হৌ

লৈবাকসে মঙং তানা চাউখৎলে
মাইকৈ থুংনা য়েংউ
মীং লাউনা পাংথোক্লুনা
কোয়না-কোয়না কাচিন য়ৌনা
শেংদোকউ ননাত্ত শেংনা ভরেংয়োংনা
তাশিল্লু মুন্না তাশিল্লু খোল্লাউসে
খল্লু মুন্না খঙ্হৌ লমজিংবশিং
তাগনি উগনি মখল মখেল
নোকপা, কপ্পা, হন্নাউবা তেংথাবা,
করিগী নোকলিবা ?
করিগী তেংথারিবা ?
খঙ্হৌ মুন্না খঙ্হৌ
ফংগনি অরোইবদা
পুন্নমক্কী পাউথুম। *

তাং ৩০/৮/৯৯

# ঈচেল

চেম্বরকই মতমনা পুরহনা
থিংবা ঙমদে কনা'মত্তনা
মতমগী ঈচেলনা কনথিদনা
মতমনা পুরকপা ঈচেলনি ।
লমদমসিগী পেম্নাইদ্রবা কয়াদা
মীপুম খুদিংগী থম্মোইদা
ফুমহনা লৈরক্লবা, চহি কয়াদগী
মকা লাম্না ফোঙদোরকলে
পীত্তুনম্ব চৈফু-চৈনা কয়া
লেপ্তুনা হেনগৎলকই নোংম-নোংমগী
চোংথৎলকলি ময়োল অনৌবশিং
কনানা কমদৌনা থিংগদৌরি
ঈচেলসে ঈগী-ঈপাক তমগদৌরি
কদোমদগী কনানা পুরকপনো ?
ঈগী ঈচেল পীক্লা চেল্লম্বা
চেল্লরেদো ঙসিদি মালেম থুংনা
কদাইদগী কনাদগী শিন্থরকপা,
থিংগদৌরি কমদৌনা কনানা ? *

১৯৯৮

# মে ডে

চৌডনা কোযনা পনশাবা
চৌঙমীনা কোযনা পনঙাকপা
শিন্মীনা মশিং য়াম্লকপা
লৌমীনা মশীং হেল্লকপা।
অপুনবৈ মশক খঙলকপা
লাইরবা মশিং য়াম্লকপা
শেঙ্গাও পায়বনা হেল্লকপা
অওং-অনৈ তোয়ল্লকপা
অবাবৈ মশক খঙলকপা
নুংঙাইবৈ মশক খিনরকপা
অরুবা অনৈবা তোঙাল্লকপা
কাঙলুপ-যুরুপ পুনশিন্নবকপা
ঈরোম্মুংদা মৈশা লাংলকপা
ইপাল লাংদা মপান শারকপা

তাং ১/৫/৯৬

# অঙনবদি লাক্লে

লৈবাকসে ঙনবদি ঙল্লে,
য়াররোই ঙন্দে হায়বা
পামলিবত্থু অসিন্না ?
ঙইরিবা অঙনবা ঙসিগী
তাবীদ্রবা মীচমগী খোল্লাউ
উবীদ্রবা প্রজাগী 'রাবা
মসিবু ঙন্দে হায়খিগদ্রা ?
ঙনবদি ঙল্লে।
তারমদবা রাথোক
উবমদবা থোদোক
ফঙলমদবা চৈথেঙ
ফঙলে মপুঙ ফানা
অঙনবদি লাক্লে
অসিবা ? পামলিবত্থু পুম্নগক্না *

তাং ৮/৫/৯৯

# থিঙলুলাও থিঙলুলাও

মনিপুরগী মফম মফমশিঙদা
কনাগী মৈতৈ, কনাগী নাগা
কনাগী তাঙখুল, কনাগী মুস্লিম
কনাগী কুকি, কনাগী পাইতে
পুম্নমক লোইনা হৌনরে
খুৎশু-খুৎলাই পায়নরে।
অঙম-অঙম্বা হাৎনরে
মরাল লৈবশিঙনা চেনথ্রে,
অশিঙবশিঙনা য়েঙনরি,
অপঙবশিঙনা শিহৌরে,
থিঙলুলাও থামলুলাও।
লৈবাক শেম্বা পাম্বশিঙ
থম্মোই অচৌবা মানবশিঙ
চাক্লিবা মৈরীনা মৈবাইরক্রে।
থিঙলুলাও থিঙলুলাও
নুংশিনবগী মহুৎ য়াম্নরে হাৎনরে।
অহিঙ-নুংথিল নাইরকতরে
মতমগী য়াওনম্ হোঙহল্রে
শাগৈ জাৎ মীনুঙশি য়াওরকাত্রে
থিঙলুলাও থামলুলাও। *

তাং ২১/৫/৯৯

# নিংশিঙলুরগা

খুদোঙ থির-থিরগা
নিংশিঙলকই হুন্ন-হুন্না
ইপা ইপু অফ পাওতাকশিঙ
নিংশিঙ নিংশিঙ, থল্লু-থল্লু খুদিং
লমনবু অসুম-অসুম শিংনিঙলকই।
কাওগে থল্লুই অহোইনবা নিংশিঙহল্লি।
নিংশিঙ খুদিং লমন শিংনিঙহল্লি
মুৎলু যাদে থম্মোইগী নিঙমদবশিঙ
ইপা-ইপুশিংগী মার খোঙ্গুল লিনিংই
শিখিবশিঙ নিংশিঙলুরগা
অনৌ অনৌবা থৌনা কয়া লাকই
অনৌবা থৌনা, অনৌবা মীহাৎ পুথোকই
অনৌবা মীহাৎনা অনৌবা থুৎলাই শেমলকই।
ঙনল্লবোই কাওবা মীওইবা জাতিসিনা
হৌখ্রবশিঙ নিংশিঙলুববদি
থৌনা লিঙজেল হেল্লরনি।

তাং ২১/৫/৯৯

# থিজবা

নংবু মফম কদাইদা লৈবগে
মীহাৎ মীপুন ত্তৌরগা ফঙগদ্রা ?
থৌজাল হায়বসি থাদোল্লগা ফংগদ্রা ?
য়াইফকোন্দা লৈবরা ?
মতম কয়া কয়া হৌজিনগ্রে
পুন্সি অসি মমী শামগ্রে
নঙবু লমদম কৈদা লৈবগে
নঙবু ফঙনবা হোৎনবদা
মালেম কোইনা চৎলুরে
অরাবা কয়া মাইয়োক্লুরে
নঙবু তানবা চৎপদা
পুন্সি কয়া হৌজিনগ্রে
অশুবনা অরাবা ওইররে
অয়েঙবনা খুবাক খুনরে
নঙবু লমদম কৈদা লৈবনে ? *

তাং ২১/৫/৯৯

# কল্পিথুংদা

লমদমসিগী লমজিঙ 'খৈরা চুমম্বা,
চাওবা, কমল, অঙাহল
নখোয়গী চম মপাঙল'
লমদমসিদা নিঙম্বা

প্রকৃতিগী শক্তম উৎপ্পারম্বা
কল্পনাগী থৌগল হুরম্বা
নখোয়গী সেঙল খুঙমনা
মফম থুদিঙ শন্দোকলম

ইতিহাসকী ফজবা মপাওবু
মীয়াম থুডনা শন্দোকলম
নখোয়গী মুৎনাইদবা খোঙ্গেলনা
মীপুম থুদিঙ তাহল্লম্বা

মোইরাঙ লমগী মপাওনা
লোক্তাক ঈপাক ঈয়াইদা
মীপুম তিংনা শকথংনা
খন্নোই খন্নোই পাওমেন্না

কাঙ্গি লৈকোল ষ্টৌনবা
লুংশি ঈরিক থিকলম্বা
শাবী-শানৌ কয়াগী
লুংশি পনথুং কায়না পীরাং

খম্বা থোইবী মপাওশিং
লোক্তাক ঈপাক ঈয়াইদা
মালেম শিন্না পাওজেল্লম
মার খোঙ্গুল থিজরিয়ে। *

তাং ২১/৫/৯৯

# ঈশ্বর

ঐনা ৱারিবা, ঐনা কপলিবা
ঐনা নোক্লিবা, ঐনা শাওরিবা
পুম্নমক নঙগী পুন্সি লীলারা ?
অৱাবদা য়ৌনা ৱারবা
কপচবদা থম্মোই কায়রবা
নোকচবদা পুকলি পাইরবা
অশাওবনা লক্ষা তুমলবা
পুম্নমক নঙগী লীলারা ?
নুংঙাইবা মীনোক্কী শুরদা
অৱাবা মীকপগী তাম্থাদা
অশাওবা মীংয়েঙগী পন্নুংদা
লেল্লীবা মীওইবা ঐখোয়সে
পুম্নমক নঙগী লীলাবা ?
নঙগী পামজবা মওঙনি
য়োঙমদা মতমদা বাবৌন্নু
পুঙমদা তাঙ্গাদা শাওবৌন্নু
নঙগী নিঙজবতা থুঙহনজগে
নঙগী অপাম্বতা তৌবীয়ু। *

২১/৫/৯৯

# খোল্লাঙ

হে মীওইবা• মীন্নুংশি চাওবা
হে তাইবংগী মীন্নুংশি লৈবা
হে মতমসিগী মীন্নুংশি লৈবশিং
করিগী হাংতোকপীরি অতোনবশিং•
করিগী নৈহৎপীরি লানজদবশিং•
মখোয়দি থম্মোই পানলমলোইদ্রা ?
করিগী হাংপীরী শা-ঙাশিং•
করিগী থুদেকপীরী অনৌ-অপেনশিং
করিগী নৈহৎপীরী তুমীৎ-কাঙশিং
মখোয়গী থম্মোইনা করিগী তেংথারোই
তেংথা ঈশৈনা মালেমসে নিল্লরে
নৈহৎপীবগী নাহেখোল লমদমসে যুল্লরে
নোংমদি শোইরোই অতোনবশিং
অবা চৈথেঙ• অরা খোল্লাংনা
মীৎ তাংগনি না পংনগনি
মীৎ তাংলবা না পংলবশিং
মালেমসে ক্লক-ক্লক ইন্নগনি। *

তাং ২১/৫/৯৯

# মহারোল

থৌনা ফঁবশিং ঙসিগী মহারোল
থরথক মঙলগা থুদোংঙিবা
থম্রবরা হুল্লগে থৌনা
লৈবাক কঁয়াদা মালেমসিগী
থেঙনরিবশিং হুনবা লৈতনা
ফঙনবগীদমক নিংতম্বা অমা
থবাইনা পোনথা ওইন্তুনা
কংলিবা ঈগী বলিদান
থুমিং খুদিং লেপনাইদনা
শোক্লরিবা নিংতম লাল থেংনরিবা
তাদ্রবরা ? থঙত্রবরা ?
মতমগী ফমনাইবশিং
নিংতম্বগী খোল্লাউনা নিললিবশিং
অরাবা অহিংদি লোইশিনখিদোরে
পাইবমদাইসিদা নিংতম্বগী ঘিরাল
থংনতুনা ঐখোয অমগা অমগা
অপুনবা শক্তম মাংহনগুমসি
অপুনবগী শক্তি, অপুনবগী জয
উহনলম্লগা নখোয়না মীয়ামদা
কবিগী মচোই-মচোইগী রাখল
থাদোক্লসি অপিকপা রাখল
অরাবা অহিংদি চংখরে
মুংঙাইবা অযুক শেম্লসি। *

তাং ৯/৮/৯৭

# ইঁমা

চয়াম পোকপী ইঁমা, মীহুৎশি চাওবী
নচাশিংগী পেন্দবগী ভোঙানবা ৱাকৎশিং
অয়াকপা, অকিবা, তমথিবা, কয়াশিং
খাঙববু ঙমলিবরা ?
ভাববু পামলিবরবা ?
নোকলিবরা ?
কপলিবরা ?
তারিবরা ?
পুম্নমক্কী খল্লুবদা ঙাংথোকপা ঙমদ্রবরা ?
শঙত্রিক য়েংহুনা ৱা 'মত্তা ঙাংদনা
শিন্থরিবা পীরাং মিৎলুদগী
হুঙাইবৈ পীরাংলা ?
অৱাবৈ পীরাংলা ?
কনানা চুমলিবা, কনানা লানলিবা
তোর্বান্দা য়েংলিবা ইমানা
অচুম-চুমদা অরাল লান্দা
খঙলিনি
উরিনি।
অচুম্বসু, অরানবসু নচা ঙাকনি
কনাদা মিচং চংলুনি
করম্মা খামলুনি, করম্মা থিংলুনি
থিঙদবসু য়ারোইদৌরি
খামলুবসু ঙমলোইদৌরি।
মঙা পোকপী কুন্থি দশাদগী

শরুক চাম্মা চাম্মু হেল্লরি।
কর্ণগী থৌনা কয়ানি
পাণ্ডব মঙাগী দল্লানি
অচুম্বসু অরানবসু মাঙ্খিদৌরি।
থাঙববু ঙম্লিবরা ইমা!
মান্নদবা বাথলগী পেন্নাইদ্রবা বাক্কুংশিং
য়েংহুনা লৈথোকপসু য়ারোইদৌরি
থামলুবগী থৌনাসু লোইশিল্লক্লে
কুরুক্ষেত্রগী লালফমদগী হেল্লকলে
নচা কয়া মাঙশিল্লক্লে
নচা ঙাক্তুনি পুম্নমক
মচা চানবী ইমানা
ইমাগী থৌদাং উৎপীরো
ইমাগী মীন্নুংশি ফোঙবীরো। *

তাং ৮/৬/৯৭

## ইমি

অবা-নুংঙাই খুদিংদা
অমম-অঙান কয়াদা
মিকুপ পুংজা খুদিংদা
নঙ থক থাদোক্তে

নোংমতস্তু অক্ষ-ফক্ত তাকপীদে
তৌরিমথৈ ঐনা, নঙনা য়াদা লৈতে
কবিগী লাপথোকতে মঙনা

করিগী ঐবু শেনবীরি
অংশোইবা কযাস্থু য়াওগ্রে
অবানবা কয়াস্থু চৎগ্রে
কবিগী তাকপীদে অক্ষ-ফক্ত
থঙনা উনা নহাক্রা
কনানো নঙ, করিনো পামলিবা
করিগী ঐবু শেনবিরি। *

তাং ৮/৫/৯৯

# লেঙদনা লৈরি

হোঙবা লৈতে ঙসিফাও
হোঙহনবস্থ ঙমলোই পৃথিবীদা,
শেমদোকপস্থ য়ারোই কনানা
ওস্থোকপস্থ ঙমলোই মীয়ান্না
লেঙদনদি লৈরি ।
খঙনৈ উনৈ পুন্নমক
হায়নৈ শোন্নৈ পুন্নমক
তানৈ ভাংনৈ পুন্নমক
তৌনৈ চৎনৈ পুন্নমক
লেঙদনদি লৈরি ।
হে অচুম্বা । হে অচুম্বা ।
পামনদ্রিবা করিগীনো নঙবু
অনিগা অনিগা তিনশিন্নবদা
অনিগা অনিগা পুন্নিনবদা
মঙা তাহনবা ঙমলবা
হে মতমগী অহৈবশিং
অচুম্বা অশেংববু নাথৈরিবশিং
কয়াবু কুইনা নাথৈখিদোরিবা
অচুম্ববু অম্ভুম্বক মাঙহল্লগদ্রা ?
লেঙদনদি লৈরি হায়নৈ । *

তং ৯/৫/৯৯

# মহাকন্তো কনানো

মতম অমগী মীয়ামগী মরুপ
খঙলুদবনা কয়াদা মীরাইখিবা
শেলজাও পাইবগী লাংদগী
মীয়ামগী পুন্সিবু কন্নবা
চৈজা নম্বো খাঙখিবা
হে লুচিংবা—
লাইরু-অনংবু কন্নবগীদমক্তা
মশাগী ওইজবা থাদোকখিবা
লাইরবা-অতোনবশিংগী মরুপ
লৌমীশিংগী লমজিংবা
লৌমী প্রজাগী লমজিংবা
শিন্মীশিংগী লময়ানবা
শিন্মী কাংলুপকী লময়ানবা
মীকুপ 'মতা পোত্থাদনা
মীয়ামগী মপাউ, মীয়ামগী খোল্লাউ
মাইকৈ সন্না য়েল্লম্বা
হে অথোইবা লুচিংবা
নংগী খোঙ্গুল লিরকলি। *

তাং ১/১১/৯৬

# মঙগীম্লিংথৌ

ঙসি ওইনি পাউজেন্দে,
হয়েং তোক্কনি পাওতাকতে
শিরগা লোইবা মপোকনি
মুংঙাই মতেক্কা কাউথোকই।
বাকৎক্ষম লৈতবনা ঙসিদি
অবা মৈচাক খাঙনরে
বায়েন কাতিনা তাবিদ্রে
অকন চৈরাক পীবিদ্রে
অরাবদা অবা কোকথোংনরে।
অচুম্বনি অক্ষবনি খল্লুবা
ওন্ন তৈনবা ওইররে
করাম চাউবা মীওইবা
পোরম য়েংনা পাখাজৌ
শিরগা লোইবা মীওইবা
চাউরিদৈঙদা চাউহৌরে। *

তাং ১০/১১/৯৫

# খেৎলবা

কপচবদা পকচবদি মমানি
নৌঙ্গবদা লেমজবস্থু মমানি
খোংচবদা ফজবদি মমানি
অকল-অরিংদা পকচবদি নুপানি
মতমগী ওল্লকইবা, য়ু'ওন
যুগসিগী চৎনবী খোঙচৎ
থৌনা লিংজেন্দা মাংখিনি
মাংখিবা খুদিং ফংলরোই উররোই
উদবা মীকুপ পুংজানা
অকাও পরৈ ওইনখি।
মমা ওইবী কয়ানা
খাংচেৎ মচি লাং,
অকি-তুজুং মাংওইনা
খুৎতা মৈবা পাযদ্রুনা
পাবি-মমোম থিবকলে
অকনবা নুপানা শোঙ্গবে
অশোনবা নুপীনা কনথৎলে। *

তাং ২০/১০/৯৫

# তুমলিবরা

মালেমসে অৱাবনা কোকথোংলরে.
মফম কদাইদা শান্তি লৈরিবগে ?
হে নুমিৎ থা থবান্মিচাক.
নখোয় থক উদ্রা ?
নখোয় থক তাদ্রা ?
নখোয থক খঙদ্রা ?
মীহাৎ-মীপুন তমথিবশিং
করিগী য়েংহুনা লৈার.
অমম-অঙান করিগী থাইরি
মখল মখেলগী মচু মচুনি
অবা তেংথা. মীৎলুগী পীরাং ;
পুম্নমক নখোয়গী নমাংদনি
পীবীরোনে দণ্ড অরানবশিংদা
অচুম্বগী খুদম. অরানগী চৈথেং
য়েংহৈদরে. তাহৈদরে য়েংহৈদরে।

তাং ২৭/১০/৯৬

# শাখি

বা ভাংদবা শাখি অমা
মরোল থোক্কবা শাখি অমা
মমিৎ তাংবা ড্রাইভর অমা
মনা পংবা পাউমী অমা
লাইরিক হৈতবা পণ্ডিত অমা ।।
অচুম্বা তৌনিতা চোংথোরকই
কবম্না শিখিবা মীশিনো ?
থিরকলি॰ থিখিগনি
লৌনরখিনি তোঙানবা জখালশিং
শোইদনা দণ্ডি কংলরনি
কোক য়াওদবা মতমগী জনা
খল ওনগনি অকুম অয়াং। *

তাং ৩০/১০/৯৬

# লাকলো

যুগসিগী হে মীওইবা
শ্বর হোল্লি, লাইফদিবী ওইরে,
অকি তুজুংনর মতমসিদা
কনাগী ৱাকৎ, কনাগী তেংথা
ৱাকৎফমস্তু লৈতরে, তাবীনবস্তু মাঙখরে
তচুম-অরাল মাংগ্রে
লাক্লো প্রলয়, য়েংঙমদরে
থাঙমদরে, পুঙমদরে পুম্নমক
শাবো মুংশা, পূম্না কংননবা
চুরো নোং, পূম্না তাওথখিনবা
অনৌবা যুগ, অনৌবা মপোক
পুবক্লসি, ওইহল্লসি অওনবা
লাক্লো, অনৌবা অহোংবা
পুল্লসি ঐখোয়, অমত্তা ওইনা। *

তাং ২০/১০/৯৬

# ইপাম মৈকনলো

মালেমসে অবা মৈশা লাওলে
মকমসে অবা খোম্থাংনা নিল্লরে
কনাগী মপাওনো তারিবসে
হেদো নাহে খোঙ্জেলসে।

অহিং মুংথিল নাইরকত্রে
মীকপ খোঙ্জেল কয়াতনা
অবা তেংথা কয়ানা
নাকোং শিংজা য়ৈররে
মচি মচিদা মুগুক-গুগুক
মকম কয়া কয়াদা
মুরুম মুকম শোম্নরি।
মপী লৈত যম্নাওগুম
মতু ইপোন পোন
কনদবদি য়ারোইদৌরি
অপুনবা মশক থিহনা
মাম্নবা মপাওনা থেমজিনসি।

তাং ৯/৫/৯৯

## হেলোইঁ ঙনবা

থাজরুদ্রবা পুন্সিসিদা অমুক্তা
নমফু-হাকুদা ওইরকপা
থেংনরুক্ত্রিবা মপোকসিদা
ওইররে ঙসিদি তৌঙম্বা
চহি শুদ্রিবা মন্ত্রি।
ওইজবা থিবদা ইকাইবা নাইদ্রবা
লুপা পৈশাতনা লাইনিং ওইরবা
মতমগী ফেসন্দা তাওরবা
ওইজবা তানবদা ইজ্জৎ য়েংদ্রবা
শমদোন ঙাংবী চিরাই তাংবী
নোংঙানবদগী নোংযাইফাও
য়ুমগী মথাদা হনজিন্দবী
রানোম হৈবী ইজ্জৎ য়োনবী
মচানা পাখং লৈশাবী লৈরবী
শকনৌবী ইকাইবা খঙদবী
তোঙ্গানবী লমযৌবী অখঙবনা তিনশিংনবী
চহি নৌবিবা মন্ত্রিগী
অরোনবা কাগী অবোনবা খঙবী
মন্ত্রিগী তালোয়না শাওগনবী
ওইজবা তানবদা ইজ্জৎ খোংগোইনবী
মীশুম লাইবা ঙম্নবা হোৎনবা
মতম-মতমগী ফি মচেৎ শেংপী। *

তাং ৪/৩/৭৭

# মেরা থাগী দেবী

ওক্তোবর থাগী থাম্নুংলা
মীয়াম্না পুজা কৎনৈ
লুপা চঙনা॰ শন্থল থানৈ
লাওনা খোংনা কুমলকই
চঙাঙ্গে এয়ারপোর্টতা
মীয়াম থঙনৈ উমৈ
অহাংবা অভিয়াদগী
২০শুবা কুমওন লোইরমদাই
মীৎনা উবা
মেরা থাগী দেবী
শয়ং শরুং লাকলম্মী
কৎনখি অথোইবা মঙোন্দা
নিজহৌই চহি ৪গী বর
দেবীগী পুজাদা পেনবীরম্না
তবাম-তরাম পীবীরম্মী
লৈবাক প্রজাদি বানরে
অঙম-অথৌনা নুংঙাইনহৌরে ।

তাং ২৪/১০/৯৬

# নুপী

নুপী লাল অমা হৌরে
নুপী লাল অমা লাক্কদৌরি।
খোইগা শেখলগনু নুপী
ফি কোন্না লৈংখনু নুপী
নুপী উবা য়াদবা সিকাইশিংনো
নুপীগী পুকী অচৌবা উবফা
মফম মতম মখোং মমক খঙলমা
জাতি কীজাতিংগী চৎনবী য়েংলমা
ইজ্জৎ খোঙ্গাইনরে। ইজ্জৎ খোঙ্গাইনরে
কিদোন চিংখৎলু নুপী
খাংচেৎ লাকশিল্লু নুপী
শম পুনশিল্লু নুপী।
অনৌবা নুপীলাল অমা লা'ক্কদৌরে।
নুপীলাল অমা থুংলদৌরে।
নুপী পুন্নমক শেম শারো
মযাং সিকাই থেংনগদৌরি
নুপী ময়াম পুন্নসি। *

তাং ১২/১২/৯৯

# খঙ্গনজবা

নিংবা থুংহন্দে ঐগী মুপানা
ইচা মুপা পোকচবদা লৈবা কৌহনবীদে
ইচা মুপী মরি কাইবোক খোকই
মীনা য়োকচক্কে হায়বা শীংথাক্তে
নিংবা থুংহন্দে ঐগী মুপানা
অয়োমবা কল্লারদু নিংবা থুংহন্দে
নিশা বন্দ কেক্রুটরী ওইহন্দে
মন্ত্রি মনাকা চংপা থিংই।
নিংবা থুংহন্দে ঐগী মুপানা
মুমিদাং লৈকাই কোইবা চংহন্দে
মাতোপকা বারী শায়হন্দে
ঐগী পুক্লিং লৌশিং ফাজিল্লি
নিংবা থুংহন্দে ঐগী মুপানা
শেংপা চাবা খক থুংহনবীবনা
মুপীগী মপুং ওইবা অধিকার নত্তে।
হোটেলদা বারেম ডাংহন্দে
লাইরিক পাউদা মহাই
ঐগী মকে শেমজবা য়াহন্দে
নিংবা থুংহন্দে ঐগী মুপানা
মীগী মাকতা তোংবা থিংই
ঐগা মাগতা চংমীমবা পামদে।
মীতোপ মীরানচা শঙ্ক তৌহন্দে
নিংবা থুংহন্দে ঐগী মুপানা
মুপা-মুপী অধিকার মানগদবনি
মীয়াম্না লাউবা ঐন্দু তাই।

মুপানা তৌবিগুম ঐসু পাম্মী
নিংবা থুংহন্দে ঐগী মুপানা
ফুমন লেবীগুম ঐসু ফাওনিংই
তম্নজাম ফিল্ম কুমনিংই
ইশক থিজরবসু পুম্নমক ওমগনি
মালেম সম্মা ইমিং থমনিংই
অফবা ওইবা৹ ফত্তবা ওইবা য়াই।
ঐগী মিংচৎনা মালেমদা নিলহননিংই।
ঐগী মুপানা নিংবা থুংহন্দে
তঞ্জা য়েংহনা নাম্মোকচবনি
অমুম থোকউ তম্বনা
ওসিদি মিংচৎ থরা ফংজবে।
মশা ফবা নহা রিক্সা বালা
মচা নিপানগী মপা
মাগী অতোনবী ওইজরে।
ঐবু অমুক মাংখ্রে থিবীবসু
মতম থরগী রিক্সা বালাদা প'নজবনি
মাগী নাক্তা থুংলবদে
অনৌবা জ্ঞান কয়া ফংজরে
অনৌবা পন্দুপ হাংদোকচবে
ইকাইবনা থক শিনদে
মসিসু পুক্নিং লৌশিংনি
লৌশিংনা শামু ফাবগুম
মথা তোঙান তোঙান চথরনি।
হৌব্রবদি হৌখ্রে করিসু থন্দরে
ঐগী ইচামুপা পাখংনী

ঐগী ইচান্নুপী অনিঙ্গীদমক
মপানা মচা কোনবীরো
অনৌবা যুগকী অনৌবা য়াওননি
মথা তাবা পাও লৌবীয়ু
ঐদি মহাভারতকী দৌর্পতিদগী হেন্থোইবীনি
মঙাতগী তালোয় দৌর্পতিনি
তরাগী তালোই ওইজগে খনজরে
মালেমগী মক্নম খুদিংদা
ঐগী ইমিংনা নিলহননি
ঐগী ইমিংনা নিলহননি । *

তাং ১/১/৯৯

## নিংশিংজবা

নোটিশ অসিনা খঙহল্লিঃ
মনিপুরগী মকম খুদিংদা
বাজাও ভাংবা ওইদবশিংগী
অচৌবা মীফম অমা ফমজরি
খ্বাইদগী ওইদবা নমথাক হৈবনা
মীফমদুগী প্রসিদেন্ট ওইগনি
খরা হন্থবা মীশকনা চিফ ওইগনি
মনিপুরবু যোম্থোক্লবা থম্লজনি
লাইববা তুম্না মাঙহনগনি
ইনাকখুনবা মখৈতনা খুল্লিংগনি
যাওরদবা পুম্নমক য়ারে লৌজগনি।
মবমদুনা মযামস্থু ভাবীনবা,
খ্বাইদগী চংতবা,
মালেমগী পাউ চেদা পাওজেল্লবি। *

তাং ১২/১১/৯৮

# কনা লৈরিঙ্গে

কনাদনো ?
কদাইদনো ?
বাকৎফম !

> শুম চারবা য়ুমজাওসিদা
> হিংলি মরোল শুদবশিং
> ঙাইহরি পুন্সি অমগীদমক,
> থুংগদ্রা ওইগদ্রা খঙদমখৈ ।

ঙাইহরিব্রা ?
বারিব্রা ?
হংনদে ।

> লোল খোক্লবা জীবগুম
> তুমিন্‌-তুমিন লেপলম্মী,
> অরাবস্ত মাল্লি, য়েংলুবদা,
> মুংঙাইবস্ত মাল্লি খল্লুবদা ।

মিৎতা ঈরা শিন্থে,
খোঞ্জেল থোকনা কপলকই
মীকপ খোলতনা
তুমলন্নবশিং হৌদোকই । *

তাং ১৭/১২/৯৬

# তাহোরে

মমাংগী হৌখিবা মুমিৎতো
ঐগী তালোয়গা চৎমিন্নৈ
সেনেমা যেংমীন্নৈ পুন্না
য়েংবা লোইদ্রিতৈ সেনেমা
জবদা মতপ লৈরুনী থোকখি
সেনেমা লোইরফাও হল্লকখিদ্রে।
ঙসিদি চয়োল অমা হৌজিনগ্রে।
কনাগুম্বনা থেংনবীরবদি মহাকপু
মহাক্কী মপুবোইবা ঐঙান্দা শিন্নবীযু
মহাক মশক ফজ্জববসু বেডা খন্না লৈ।
চয়োল অমা মাংখিবদৈ
অহেনবা খবা যাওগ্রবসু মশাদা
ঐ করিসু খনজদে লৌশিনজনি
মতিক চাবা অবামল পীজগনি

মহাক্কী মুপা
ইকাই খঙদবম অধামোন্না

তাং ১/২/৯৮

# করপসন

কনানা কমদৌনা কদোমদগী হৌরকখি
থিনরি খিরকখিগনি হৌরককম
চাওখৎলবা মালেমগী লম্বীসিদা
লাইনা খুদিং হৌরককম থিনৈ
পোং খুদিং হৌরককম থিনৈ
হৌবককম খঙলগা মুখৎনৈ
চহি কুমশিং য়ামশিল্লক্লে থিনরিবা
করপসন মরু ফংনা মুখৎনবা
ঙসি ফাওবা ফংবা মরৈতে
হেন্না হেন্না কনশিল্লকই ফোঙলকই
খঙনদবা য়াওদে লমদমসিগী মীয়ান্না
থিরুবা খুদিং হেনগৎলকই নোংম-নোংমগী
মখোং পান্দুনা চংলে হায়নরে
পান্নদ্রবা তমথিরবা এইডসতগী হেল্লবা
লমদমসিগী মীপুম খুদিংনা কিনরবা
করপসন, করপসন, করপসন
চহি কুমশিং য়ামশিল্লক্লে
মপান মরা তাথ্রমালে
কনাগী H.I.V. T.B. Cancer অরাইবনি
মীযাম হুপ্পা থিংমিন্নসি করপসন,
লমদমসে অমুক্তং কনহৌসি
লমদমসে কনহৌসি লম্বীসিদগী। *

তাং ২১/৫/৯৯

# অনৌবা যুগ

প্রকৃতিগী খোংচৎনা কায়বদা
মীওইবগী শাজৎনা হোংলকপদা
মালেমসে মৈশা লাংলক্লে
কদাইদা লৈরক্লে কৃষ্ণ,
কদোমদা লোৎশ্রবা যীশু
কমদোনা মাংশ্রবা অলহলা,
ঙসিদি পুন্নমক মাংরক্লে
হৌজিক্তি পুন্নমক লোৎরক্লে
শকখম ওল্লে, লমচৎ কাযরে
অচুম্বনা কদোমদা চৎখ্রবা
অরানবনা মাংদা লেপল্লববরা ?
কনাগী পাঙ্গন অচুম্বা
খাঙমদ্রবা মীওইবা জীবশিং
পল্লোন খাযাব অবাবনা
তেংথা খোস্তাংনা নিম্লবে
যৈবরে মীকপ খোঙ্গলতনা
লাক্লা মতম্গী এটোম
যৌরকলো হাইড্রোজেন
শান্তি লমদম শেমলসি অনৌবা
উরবোই অরা অনা
পুন্নক্লা মাঙশ্রবদা লমদমসিদগী। *

তাং ২৭/১০/৯৬

# পণ্ডিত

কালিদাসকী মেঘদূতনা মঙজরবরা ?
মিলতনগী পেরেডাইজ লোসতনা হেল্লবরা ?
গোর্কিগী মাগুরতমা নিংখিজরবরা ?
কমলগী মাধবীতনা অপুং ফারবনি থলবরা ?

নারক্তা কেতুকী শাংপনি
ইরোম্মংদা মন্নি লৈবনি
চীংমুংগী. তম্মাক্তী মুংশিবা খোঙেল
চাংয়া তময়াদা ফংগনি ।

সহরগী গমলাগী লৈরাং
লৈনম য়াওদবনি খুৎশেমগী ফজবনি
ফজবনা মীওইনবু শুমহৎহল্লি
শুমহৎপা শকতম্না কাওথোকহল্লি ।

প্রাকৃতিগী ফজনবু শুমহৎহনবা
মতৌশাগী লৈতেবু কাওথোকহনবা
মতমসিগী অহৈবশিং অথওবশিং
মালেমসে থক-খা ওল্লন ।

খুৎশেমগী নিংথিবা কয়াবু
নিংথায়রক্কনি নোংমদি থংহৌদনা
মথোং শোমবীদ্রবা মীওইবনা
মতমনা পুরকপা অহোংবা ।

মহৌশা লাইবেম্বীগী খুংশেমবু
জয় তৌগনি খল্লিবা৹ সাহিত্যকার
সাহিত্যদি মীনম্বা য়ারোই
খুংশেম থাদোকউ, মীৎ থকনু।

মেরা থাগী পুনিমা
ৱাকচৌংগী অথাবা উলেন
ইঙাগী কল্লবা নোংজু
খুংশেমগা চাংদমনগনি খল্লিবা
থম্মোয চাওবা৹ সাহিত্যকাবশিং
খন্নবা মতম মফংদ্রবরা ?
তুংগী মীবোলনা তিলশিংনগনি। *

তাং ৩১/১০/৯৬

# ইরমদবা য়াই শৈরেং

ইরমদবা য়াই শৈরেং
খঙলমদ্রবা পুন্সিগী থোদোকশিং
উরমদ্রবা মতমসিগী মশক
যাওরমদ্রবা অবা-নুংঙাই 'রক্তা
খঙলমদ্রবা অমগা অমগা খেৎনবা
তারমদ্রবা অবা তেংথা ঈশৈ
পুন্নমক পুন্সি ইতিহাসনি
নিংশিংহল্লি মথং-মথং অঙ্ক ফস্ত
লোমনাইদ্রবা খেৎনবগী খলনুংসিদা
থম্মোয় কায়না অবাবা হেনগৎহল্লি
ইরুরে ঙসিদি পেন্নাইদ্র শৈরেং
ফোঙলুরে থম্মোয়গী চম্ম মপাও
তাবীনবা লৈত্রবা মালেমসিদা
'হুবু ইখিগনি খঙলিমখৈ, হিংলিমখৈ
ওইনখি মহুনা পুন্সিগী পোথাবা
মীকুপ খরদং ওইজরবসু। *

তাং ২৭/১১/৯৬

# ওফর ড্রাফট

লৈবাকসে মঙং অমদি তৌরেহৈ
লমদমসে ইরাং থরদি লৈরেহৈ
প্রজাসে শুমত্থনা চাদৌরেহৈ
ইরাংনা নোংমা নোংমগী হেল্লেহৈ
অরোল অকোঙ মথেক শেংলেহৈ
অকোঙবা সরকারনা শেলযাম হাংলেহৈ
প্রজা হুপা তুম্না হাংতৌরেহৈ
ওফিসার মন্ত্রিনা শুমদৌরেহৈ
প্রজানা মীনাই ওইবেহৈ
মনিপুর পুম্না মমদৌরেহৈ
মন্ত্রি মযামগী থরচনা
লৈবাক প্রজা শুমলেহৈ
প্রজা সোইনা থঙলেহৈ
অকোঙবা টেক্স লৌনরেহৈ
অকোঙবা সরকার, অরোনরা সরকার
অমম্বা মরক্তা তোইনা বারী শান্নরেহৈ
ঙরাংগী মন্ত্রি, ঙসিগী করোরপতি
ঙসিগী মন্ত্রি লৈবাকী মপু
মীয়াম্বু মীনাই ওইনা শিজিন্নরেহৈ
খঙনা খঙনা উনা উনা
মীনাই মযাম বাজবা তাই
ওফর ড্রাফটনা প্রজা শোকলেহৈ। *

তাং ১৮/১২/৯৯

# ক্বালিটি ইড়ুকেসন

ওজানা ছাত্রদা লাইরিক তম্বীরে
ছাত্রনা ওজাদা লাইরিক তাকঁহন্দ্র
ওসিগী মীয়ামস্তু লোইনা মথওনৈ
ওজাবু সরকারনা রাজনীতিদা পুশিল্লি
শেন্থোক নৈত ওজাদা শেল তিংহল্লি
মন্ত্রিনা য়াদবা ওজা ত্রান্সফার থাই
মন্ত্রিদা ওফিসারদা শেল কংনৈ
ওজাশিং শেলতান লম্বী থিরকই।
ওজাগী শক্তিদি ছাত্র ছাত্রিশিংনি
প্রাকটিকেলদা লুপা লোনরে
ইউনিভরসিতনা ইউনিট টেশ লৌখোক্রে
ওজাশিংগী শেলতান লম্বী ককথৎলে
তম্বীরম্বস্তু মখোযনা, লৌখোকপস্তু মথোয়না
হৈনরুরবা শিনফম ওন্থোকপীরবদা
দশা তারবা ওজাশিং
থিররে উপায় ওসিদি ওজাশিং।
নহারোলশিংনা লাউরি ক্বালিটি ইড়ুকেসন
তাবদা ফজবা বারক্বী তয়ালগুম
পরিক্ষাদা খোংবাল চেনবস্তু নহারোল
লাউরিবস্তু নহারোল, শোইদনা মাইপাক্লনি
মরম ওকপা ওজাশিংনা, থিরকই উপায় ;
পরিক্ষা হোল মনুংদা লাইরিক তম্বীরি
শোইদনা পুরক্লনি ক্বালিটি ইড়ুকেসন
শোইদনা মাই পাক্লনি লমদমসে

ওজা, ছাত্র, নহারোল পুম্না হোৎনমিন্নরে
লমদমসে শোইদনা য়াইফরনি
কালিটি ইড়ুকেসন পুরক্লান
পরিক্ষাদা ডিউটি তাবা ওজাশিংনা
ময়েক শেংনা তম্বীরে
হুরানবা মকোক্লা নিংথৌনি
হুরানবা ময়া, মীতিং
নিংথৌগী মচাশিংনা নহারোল
যাইফরনি কালিটি ইড়ুকেসন
চাওখৎলনি লমদমসে
চহি খরসিদা হেনগৎলকইবা
পাকত্রুবা শিন্নবগী চৎনবী
ডিউটি তাবা ওজাগী লমজিংদা
তাকপী তম্বীবগী চৎনবী
শোইদনা য়াইফরনি লমদমসে
কালিটি ইড়ুকেসন মাইপাক্লনি।

তাং ১/১০/৯৯

# হংলাই মন্ত্রি

মমিংতগী ওইজবনি ঐদি
পুন্নমক শেমবীরকপনি মহাক্না
লৈজদে ঐগী থৌনা পাঙ্গল
ক্ষুমিংলৈনি ঐদি মতমসিগী
চাবী থাবীবনি মহাক্না
চাবী থাবগা চংপদি ঘড়িনি
ঘড়িনি খঙনা য়েংবীখু
মমিংতগী ওইজবা মন্ত্রিনি
শেম্বীবা মহাক্তবু কাওজদে।
চহি কাগত্রা খজবা সরকারনি
খোংক্ষম য়েংনা চংচবনি
যাবিভৈদা অঙম তানজবনি
কযাবু কুইনা যাপনি
পুন্নমক খঙনা ঊনবিবনি
অঙম-অঙম্বা তৌনবনি
ম৩ম-মতমগী চাউনবনি
কযাবু কুইনা চাউগনি
ঙসি তোক্কনি মখঙদে
হাযেং কাযগনি মতাকতে
ঙসি হয়েং যেংক্নবোই
মযম মতমগী চাউজবনি। *

তাং ১১/৭/৯৯

# ঙাইরি

লেপলি ঐনা অচুম্বগীদমক

ঙাইরি অচুম্ববু কানা য়াম্না কানা

অদুবু · · ··· ··· ··

অচুম্বনা ঐবু হন্নকাও য়েংবীরমদ্রে

চংদ্রে, তাম্নরুখিগদ্রা, য়েংবীরমদ্রবা ঐবু

তাম্নরুদ্রবদি ঙাইরম্মী করম খঙগনি

খঙনদ্রবদি করম্না পাওদমনগনি

পাওদম হৈদ্রবদি অরা কোকথোংনগনি

অদুগা

অচুম্ব চুমদা লৈরকতবসিদা

অরান লানদ খঙনবকতবসিদা

অচুম্ববু অদুমক ঙাইখিগদ্রা ?

ঙসিদি শক্তিনা অচুম্বনি হায়নরে

তৌজিক্কি পরাবনা পাঙ্গলনি শোন্নবি

শক্তি মুম্নবদা কাযদৌরি

শঙ্গ থিবদা মুংংদৌবি ।

লাক্কনি কবম্বা মতমদা অচুম্বা

থুংলনি করম্বা পুংফমদা অচুম্বা

ঙাইখিদরা ঐবু মতমদুফাও

য়েংখিদরা ঐখোয়বু পুন্সিসে । *

তাং ২৭/৬/৯৯

# কোজবা

ঙসিগী সমাজ, অচুম্বা মশক খিবদা রারবা,
লাইববগী চৈথেংনা, উনা উনা ফোংঙমদ্রবা,
কেমথ্রবী শাবী-শানৌগী পুন্সি কয়া
মীওং-মীনৈগী কল্লবা চৈথেংদা
খঙনা উনা উশিন্নদনা
কয়া অমা চংথ্রে, মালেমসিদগী
খুঙ্গং সহবগী চমজরবী কয়া'মা
মতমগী ইরৈনা চেন্থবীথ্রে
শক্তিগী মরুম থুপ্পা কয়া'মা
খাঙলি কয়া'মা ঙসি মফম কযাদা
লাক্লি মপৈ-এপৈ অমঙবা নোংগুম
অমগী মথংদা অমা, লেপ্পুনা
হে অচুম্বা নং লৈরবদি
কবিগী যেংভুনা লৈথোকলিবনো
নথৌনা নরিংজেল উংলোনা
মালেমসে খুন্তাক লাল্সি ওইরেদো
খঙদনা অথং শারবরা ?
লৈতনা লৈ হায়রবরা ?
পুন্না মাংখিদৌরে লমদমসে
হুপ্পা মুংখিদৌরে ইরমদমসে । *

তাং ২৩/২/৯৬

# কৈনোমা তোরে

মতম অমগী মনিপুর
সনা লৈবাক্কী হায়নরম্বা
মমিংতা ঙাইরবা মনিপুর
মীয়াম্না হায়নৈ সনালৈবাক।
ভারতকী নোংপোক চীদাইদা
ইরাং থম্লবা মনিপুর
মীহাৎ মীপুনগী লৈবাক
সনা মথৈ মাংখ্রে।
সনা মথৌদি হুখ্রে
মীরমদগী লাকখিবা মীয়ানশিংনা
ইরমদা চাওবকপা মীয়ামনা
লৈবাকসে কৈনোমা তোরে
স্কুল, কলেজ, ইবাংগী ইবাং
ওফিস, লম্মী, বন্দগী বন্দ
লৈবাকসে কৈনোমা তোরে।
নোংজুথাদা নোং তাখিদবে
কালেন থাদা নুংশা শাখিদবে
লৈবাকসে কৈনোমা তোরে
মী শিবস্থ নোংমতা কাংদবে
অশিববু শাম্নবুং ওইনা লৌখবে
লৈবাকসে কৈনোমা তোরে।
অচুম্বস্থ লোৎখবে
অরানবনা খুনলিংহোবে
লৈবাকসে কৈনোমা তোরে। তাং ২/৫/৯৬

# অণ্ডনবা

পাঙ্গল থোৌনা মাংশিল্লক্রবদা
খন্থরকই হুম্না-হুম্না।
ঙ্গেংউনে শুমতুনা থমলিবশিংসে
খণ্ডহন উহন্দনা মাংহনলিবশিংসে
ফত্রবশিং কল্লবা মতমগী আইন
কনা ঙমখিবগে। পৃথিবীগী ইতিহাসতা
মতমগী ওল্লকপা মাইওনসিদগী
তম্বীরম্মু মাঙজিন থাবশিংনা।
জ্বাব নিংথোগী মীওং
মীয়ামগী অপুনবা শক্তি
আফ্রিকাগী মুংনাইত্রবা ইতিহাস
ভেটনামগী অকনবা চৈথেং
তামিলশিংগী পাম্মুদবা থবাই
ঐথোয়গী মাংজিন খাত্রবশিং
কনানা থিংবা ঙমখিবগে
সাহিত্যকারশিংনা শেংনা ইরমগনি
কথোকপগী লিংজেন মথোয়গী
করম্বা লৈবাক্তা করম্বা মফমদা
থিংবা ঙমখিবগে মীয়ামগী ঈহৌ
ঙাইঙমদবা অওনবা। খাঙমদবা অহোংবা
মতমনা শোইদনা য়েল্লরনি
নোংমদি শোইদনা থুংলরনি। *

তাং ২৮/১০/৯৬

# লাম্মী

ঐখোয লাম্মীনি৹ নিংতম লাম্মীনি৹
ঐখোয লাম্মানি৹ মীয়ামগী লাম্মীনি।
কখোক্লবনি ঐখোয৹ থাদোক্লবর্নি ঐখোয়।
পাম্মুদ থবাই৹ পাম্মুদ হুকচাং
বাশকী থৌনা৹ থৌনাগী লীপুন৹
ডমলোই কনান ৹ থদংপা অমুক।
ঐখোয লম্মীনি, নীংতম লাম্মীনি
ঐখোয় লাম্মীনি৹ মীযামগী লাম্মীনি।
থোবকলো নহাবোল লাম্মী ওইববো
বাশক লৌবাবা, থৌনা লৈববো
পালেমগী থেম্মাং শিংলসি ঐখোয
ইবৈবাক নিংতম৹ ফিবাল যুংলসি।
ঐখোয় লাম্মীনি, মীযামগী লাম্মীনি
ঐখোয় লাম্মীনি৹ নিংতম লাম্মীনি
পালেমগী থোম্মাং শিংলসি ঙসিদি
নিংতম ফিরাল৹ যুংলসি ঐখোয
পাইহনসি বাংনা, নোংমদোন পক্লা
পাইহনগনি বাংনা নিংতম ফিবাল। *

তাং ৫/৬/৯৪

# মাম্লেল

ঙসি হয়েংগীদমক ঙাইরঙুমসি
মালেমসে পুঁবা থাংবা ঙমদরে
অচুম্বা অশেংবা মাংথিদোবেঁ
অনৈবনা অরুবা কুপশিনথবে
লুপা সঙ্গী মকমদা
সচান মীবাইগী মীৎয়েংদা
পুন্নমক তুম্না মাঙখিদোবে
অচুম্বা মশক থিদোকসি
তাঙলিবা কোক। হৌদ্রিবা শম
নোইবিবা পুক চেঙলিবা ঙক
অবেম্বা চাবা অপঙবা থেঙনবা
বাযাম ঙাংবা ওইদবা বাবৌ
চহি চুপ্পা হৌবা ইঁরাং
লমশোংপীগী পাউথুঁম রাংতে
লৈবাক ইবাং থোকলিমখৈ
লুপা মপুন মপুন লাকখিবা
কনাগী জুডিশিয়েল ইনক্কারি
কনাগী মাজিস্ত্রেয়েল ইনক্কারি
তৌশিন্নবা ঙাক্তা ওইরমলে
করম্বা চহিদা করম্বা মীশক্তা
অবা দঙ্গি পীখিবা
কেশ মথং মথং য়ৈথোকই
ময়াম শাওনবা ফনথি
পুন্নমক অকাও পরৈনখিবনি। * ১৯৯৫

# ইরম্মাই

মপাল্লী মমোম শেংনবগী
মীংকী পীল্লাং কংদমখি,
অহিং মুংথিল থাইদনা
মালেম থুংনা কোয়রিবী
ইমা নংবু পুকফনী ।
মপু নিংবা লুইশিংনা
ওইজ-ওইথক থিবদা
অচুম অরান খঙখিদার
মচা মচল কাওথোকলে
পুন্নমক পুকফবী ইমাগী মচা'নি
থিরিবদো নরম্মাইগুম খন্দুনা
অহিং, মুংথিল, তুংগা, চাবা, থিদনা
পুন্নমক ইমাগী নচা ঙাক্নি
ওইজবা থিবদা, হাকমল্লি
ভামম্বা অহিং লৈরিদো
অকাওবা মশক খঙনদে
অঙানবা মতম লোইখি'নি
নখোযগী পাল্লি লাক্লরোইদ্র
মপুনা মীনাই ওল্লকই
মীনাইনা মপু ওল্লকই । *

তাং ২৮/১২/৯৬

# পুন্সি অমসুং থবক

নিংশিংলকই ঙসিদি
মথং মথং
অঙাং ওইরিঙৈ পুন্সি
তৌখি নিঙাই কযা
বাবা ইমানা ফুখিবা ঐবু
স্কুল কাদবগী
লাইবিক পাদবগী
নিংশিংহল্লী ঙসিদি
মথং মথং মমাঙগী
লাইরিক তম্বীখি ওজানা
বাশা মপুন থুদেকপগী
থুদেকপা ঙমদে মপুনদ্ধ
চীনফা পুহনা লাকই,
ঙসিস্থ কাওদরী
ইমা ইপা
মিংনা উবা লাইনি
লাইগী যাথং ইন্দুনা লাকই।
অচুম্বা ডাংউ, অচুম্বা তৌ,
লাইরিক্তা যাওখি, ওজানা তমবিখি
খুদাং ঘডী হুরানবা ফজবী
মতমদুগী অচুম্বা চংপা পুলিস
ঙসিস্থ কাওদরি নিংশিংহল্লী
মথং মথং তমলকখিবা
সাইলোক, পোবসিযা, বাসানিও

ৱাঙাং হৈংবা, মন্নুক ফত্তবা
পাহোম, কীং লীয়ার গেবেরেল
শণ্ডবদা তোঙানবা মচু কয়া কয়া
ঐগী কোক্তা চুখি, অস্নুম অস্নুম,
টু জেনটলমেণ্ট ওফ ভেরোনা
দ বীণ্ড ইন এ ফ্রোলীক
অঙাওবা, চন্না ঙাওজবা
অফবা পাওত্তাক ফজবা
চুহনা লাকই, চুহনা পুবকই
তম্বীরকই ওজা তোংব্রানা
মাগী ড্রামা "মনি-মমৌ"
অচুম্বা ফাগী অশেংবা ফাগীনি
ফাগীনা মীয়ামবু ইকাইবা পিবনি
মথং মথং ভাব তারকই, তান্নরকই
হৌজিকসু ফজনা কাওনদে
সাহিত্য তম্বীবকই ওজা কলাচান্দ
নিংশিংহল্লী —

"মমাং লৈকাই থম্বাল শাংলে
খোইমুনা ইল্লে খোইরাম্বা"

লোইখিবা থঙহোদে
মথং মথং চংনখি
য়ুনিভর্সিতি ক্লাস য়াওরকই
থেংনরকই, মথোং খঙদবা ময়াম
গুরু কৃপা, গুরু দক্ষীনা
নিংশীংহল্লী মহাভারত রামায়ন
সোকনী, দুর্বাস, রাবন, একলব্য

গুরুগী য়ুমদা

শীঙ খাইনৈ, বাই তৈনৈ

হকচাং নোইবী

গুরু সেবারীনি।

নম্বর বাংনা বাংনা পীনৈ

হৈবা হৈতবা সেবারীনা লেপ্পী নম্বর

থবাই মুংঙাইখিদে

গুরু সেবারী য়াওখিদবা

সিমিষ্টর সাষ্টেমবু বারোঙখি

অচুম চুমদা অৱাল লান্দা

চপ মান্নবা পাওখুমদা

নম্বর তথাই খেৎনখিবা

ওজা। ওজা। অচুম্বা তম্বীবা।

হোৌরমাদে মতমচুগী করপসন

থেংনখিবা উন্নখিবা ঙাক্তনী

শোক ১৯৭৪

থা অহন মীযাৎ তাই

মীয়াৎ মমুং, গুরু মনাক নকই।

যান্নদে, চান্নদে, মান্নদে,

থ'ঙবা কল্লগা, ফমেন ফম্মী,

শাইবা কল্লগা ওইনম্মী

য'ররোই খঙল থাদোকই

অচুম্বা লম্বী অঙানবা মপাও

ময়েক শেংনা খঙলকই

মওং মওং য়েংলকই।

ইমা ইপানা শিনবীবা

পুন্সিগী লম্বী অকবা
লুপানা থোঙ শাবী
নিংশীংহল্লী কাল মাক্স লেনীন
লানংগে থল্লুম্নে লুপাগী থোঙ,
বাবা কায়নখি ইমা সেৎনখি
পুন্সিনি পুন্সি হিঙদবদি য়াদে
কাল মাক্স লেনিনগী পারা থঙই
ফজবা লম্বী অরুবা মকম
চংহুনা মুন্না য়েংলুই
অতিয়ামুক বাংই,
মুংশেলমুক ফজৈ লুই,
লংই ঙাল্লি
অঙাং ওইরিভৈদগী বাশা মপুন
হুবানবা, ফজবী, পুলিসকী লিচৈ
মথং মথং মওন মওন থল্লি
লৌশিং থরা, কাল মাক্স লেনিনগী
ময়েক শেংনা তম্বীরকই,
মেঘচন্দ্র ছত্রধারী বীর ভীষ্মা
থিওরী ফজ ফজবা তম্বীরকই
জ্ঞান মপুং ফারবা,
সাহিত্যবু পামজরুবা
অচুম্ববু মুংশিজবা
অসুম নোংমগী হেনগৎলকই।
সিমিষ্টর লাংদগী না'হাবকপ
জেলগী চেকপলদগী চেনথোরকপা
থেংনরকই অচৌবা লাইশং

লাইশংদা লাই লেখারী ওইনা
চম্মা লেনগে খল্লকই
মথং মথং অসুম অসুম
লাইশংদা লাইয়াম লৈরম্মী
লাইজাও, হুরানবা, দাকু, মীহাৎপা,
ওইজনাম, লৌজনাম, পুজনাম,
নাম মখল শুরে লৈরমলিবা
বারিভৈদা মিংথৌক্কম খিনদোকই।
লাইশংদা হুরানবা মচা পোকলে
মচা, চাওরে, মপুং ফায়রকলে
চক্রি হৌরে নীঙাই তৌররে
ঙান্মোক লৈযু হায়রকলে
লুপা লাক্ষ লাক্ষকী
ঙান্মোক লৈবা ঙমজদ
মীনাই ওইনা লেনবা তাথি
মসি পুন্সি অমসুং থবক
যুগসিগী চৎনবী, মতমগী য়াওন
চৎনবী য়াওদবা, য়াওন খঙদবা,
নং হৈত্তে, খঙদে পংই
অপংবদি মতাইদা
অশিংবনা ফমজাও
মমাংগী অবাবশিং নশরুক
নুংঙাইবনা অবা শকথংনদে
লৌশিনবদি শেলদোংনী
পীথোকপদি তমক্কদে
পুরীবা তিনশিনবদি
মতমসিগী মহামন্ত্রনী মন্ত্র
মহামন্ত্র মহামন্ত্র মহামন্ত্র। * তাং ২/৫/৯৩

# পুন্সি

থবায় কয়ানা থবায়গীদমক
পুন্সি কয়ানা পুন্সিগীদমক
শুরি-নোমলি হিংনবগীদমক
খুং তংলবা শিন্নিশিংগীদমক
উপায় থিরি হিংনবগীদমক।
হে-মীওইবা করিগীনো ?
মীবু মীনা ওংখিবদো
মীনা মীবু শুমলিবদো
শিবা ডায়বা মীওইবশিংনি।
ওমর 'মতা নত্তে মীওইবা
মতম্না য়েন্নকপা মনাদগী
নাম্থোকতুনা থক চৎনখিদ্রি
নিংশিংবা মতম কাওথোকপবা ?
মপুং ফারকপা অকাওবনা
নাপল কয়া তৌনৈ মীওইবা
কাওজন থিবা মীওইবনি
নাপল থাথোকসি, নাপল থাদোকসি।
হিংমিন্নসি পুন্না ঐখোয
শিবদা করিস্থ পুডমলোই
মীগী ঐগী নাইনরোইসি
পুন্নমক অমত্তনি মালেমসে।

তাং ১২/৯/৯৫

# লালবাও

করিগীদমক ঐখোয় ৱাকনি
মতমনা সোইদনা পুরকনি
ভাইওমদবস্থু থাওমদবস্থু হাকমল্লি
মতমনা য়াদহনা মতৌবনি
অহান অকোন থকতগীনি
অচুম্বা পাম্বা মখোয়
মুংভাইবা পাম্বা মখোযনা
করিগী খনজানরিবা
কবীচন্দ্র ইবোহনবী প্রমোদিনি
খুমাং খরা চাওশিনবনি
নখোয ঐখোয়সু লম্বীহুদা
নোংমা চংকনি শোইফদনা
অকোন অহান ৱাতনি
অৱাবসু উংলুমু, মুংভাইবসু ফোংলুমু
নেতাজী অজীত অকন
লাইবক থীবা নত্তে
মখোযনা মৈবা চমথংলম্বনি
পুম্নমক লীলাগী ফম্বাকনি
সিনেমাগী ফীজংনি
ড্রামাগী ষ্টৈজনি,
ৱাকবগী কান্নরোই
কপলুবগী তোংজরোই
পুল্সি ময়েং তাননবনি
লানজিংবা, লুচিংবা চংখরে

অমেম্বা প্যাম্লা ম্লখোয়গী
মতম খরা নাথৈরম্বনি
লানঙম্বা লুচিংলেননা হায়রম্মী
"অমা মাংখিনি
তরা চোংখৎলক্কনি"
ঙাইহৌমদবা তৌগম্নু
মতমনা শোইদনা পুরক্কনি
অশেংবা তৌবা অঙাংশিং
মীথা পোন্নবগী অরাবা
খাংহৈদবা নহারোল
ঙাক্লইহৌমদবা তৌক্কন্নু
মতমনা শোইদনা পুরক্কনি।
লুচিং পুরেনশিংনা লিরম্মী
লময়ানবশিংনা তমলম্মী
হয়েং ইন্নুং ঙাল্লগা
অপং অশিং খঙননি
অঙাংদা অবাবা পীবগী
অশিংবা মীশক শাবগী
ওইদ লাংবু থাকপগী
লময়ানবা পাখং মখোয়না
অনৌবা মপাও পীরম্মী
অচৌবা মকোন পুনশিল্লনি
মচা মথৈ তোঙাননি
খুরক্কী ঈনা লাইওম্ননি
মতু মচা শোক্কনি
চেন্দনস্থ হিংলরোই

লোৎতনস্থ ওইরুরোই
মতম থরা স্নুংঙাইবনি
স্নুংঙাইবনা অবার্বা উঁদবা
মতমনা শোইদনা খঙলিনি
অবা স্নুংঙাই থানফদে
খঙদবনা ওইরিনি
মতম শুদবগী ঙাইনবনি
বাবু শাবা মখোয়গী
লম্বী লাংবু থাকপনি
মীবু মীনা ওৎপগী
মীনা মাবুস্থ ওৎকনি
ঙাইঙমদবা তৌরুন্থ
ম৽দোম৽ মতোম লোইজখিনি
চেন্দনস্থ হিংলরোই
মখোয় মশেল হাৎননি
চাওরিভৈদা অচৌ–শা
লুজদ মখোয়গী বাঙাংদা
থম্মোই থুহুম শুজবা
তুংইন্দুনা মচৎপনি
স্নুংঙাইবনা কাওবনি
অকাও মপুং ফারকপা
পুন্সি লম্বী লোমগনি
চহি চামা পুন্সিদে
স্নুংঙাইবা মতেক্কা কাওবনি
অকাউবা মপুং ফারকপা
পুন্সি মতম লোইরকপা

কনানা থিংবা ঙমলুনি
মতম থল্লা ঙাইবনি
মীকুপ থরা য়েংবনি
লৈররোই চেনক্ফমস্থ
লৈররোই লোংকমস্থ
চীংস্থ তমস্থ কোকপনি
ইম্ফালদা মপুং ওইনি
মতম থরা ঙাইবনি
লাইর ঐথোয় বাবনি
মীচম প্রজা শোকপনি
অঙাং মথৈ লাক্লবনি
কযাম কুইবা ব্লাবগে
মথোয মশেল পুন্নবা
মতম বানা ঙাইবনি
চোইনা চোইনা লৈবনা
ঐথোযগী অবাবা নংবনি
বাবু মকোন মন্নুংদা
বাবু শাবা পুন্নমক
অপুনবা শক্তম ঙাক্লবা
মীচম প্রজা তানবনি
বাবু মথৈ পুন্নরনি
"নোংমদা পোকপা মচানা
নিনি চংনা শিকদে"
মতম কুইনা ঙাইরকপা
ঙসিদি মপুং ফারকলে
মুংঙাইবা মশেল শেন্নহুনা
অবাবা মথৈ থৈনহুনা

## মচোই মচোই লৈরম্বা

অরু অনৈ তশেংলে
মীচম প্রজা শকখংনরে
খুৎতা পায়বা খুৎলাইনা
ইশানা থোৰা গাড়ীনা
গুরুং চৎতুনা শোক্লরে
চেল্লুবগী বাবনি
লোৎলুবগী কুইবনি
কয়া কুইনা ঙাইবনো
অচৌবা মানবা মরুপশা
অমানবদি নত্তেকো
হৈনা শিংনা মচৎলু
নক্না থাপ্না থৈদোকউ
অরোইবা য়াথং লাক্লবনি
মৈরা মৈনা চুপ্লবনি
মৈনা ককপা পাওনাস্থু
খোঙজোম লালদা মাঙখরে
থৌনা লৈবা হৈরাংখোঙজাস্থু
ওজা মতুং ইনখরে ।
কদাইদনো কদোমদনো ?
মাইকৈ মরি শুংদাই নিপাল
লালগী লালবাও চেল্লরে
লালগী লালবাও পুংখোলনা
মচি মচিদা নীল্লরে
তাদবরা অশিংবা
উদবরা মীৎলাওবা
করি খঙশিন্নদবা। *

তাং ৪/৫/৯৬

# খঙশিনদবা

মাইকৈ মরি শুংঙাই নিংগোলদা
খা-রাং, মনিং মমাংংদা
নোংমগী লেপ্তনা লাউনরিবা
করিগী তাশিনদে ঊশিনদে ।

মীথা পোনবগী অম্বা চৈথেংনা
থাঙমত্রবা লমদমশিগী মহারোলশিং
থবায়না পোম্থা ওইরকলফাওবা
করিগী তুমখুল তাল্লিবা ।

যুগসিগী তমথিরবা আইনদা
নিঙাইদনা লৈথোকপা ঙমলিবা
আইনগী চুপলি পায়রিবা অঙম্বা
নংগী শরুক্তি য়াওরোইত্রা ?

অশিংবা শারন্নু অপঙবা
অহৈবা শারন্নু তাংতৌবা
মনমনা পুন্সি লোমগনি
চেন্দনস্থ লোৎতুনস্থ কান্নররোই ।

অপুনবা খোল্লাও, অপুনবা শক্তমনা
মালেম থুংনা য়েল্লবফাও
খঙশিন ঊশিন্দ লৈথোকপদি
খঙশিনদবা য়াবরা য়েংশি
অপুনবা শক্তম লাক্লবদা । *

তাং ২৭/১০/৯৭

# হেনমললি

মীন্নুংশি থরা খঙনশি
খুৎতা নোংমৈ পায়রগা
মরাল লৈতবশিং হাংকন্নু
নোংমৈগী মগুলনা৹
মীয়াম্বু তুম্মিৎ ওইনা উগন্নু ।

নোংমৈনা মীয়াম্বু লমজিংগন্নু
নখোয়গী খোঁদোকসে পেন্নরোই
পেনদবগী খোল্লাউ লাকনি
নখোয়গী মীহাৎসে হেনমল্লি ।
খুৎলাইগী মতেংনা নমহৎকন্নু

থবাই পাল্লি৹ থম্মোই য়াওরি ।
বাখল লৌশিং ঙম্না মাংথিদ্রি
নখোয়গী শাজৎ কা হেনমল্লি
খুৎলাই পাইদবা ন্নুমিৎতা
নখোয়গীস্থ অবা খোঙ্গোইননি

পূন্নমক মীওইবনি মীওইবা
হায়নরগা য়ারোইদবা লৈতে
ঙাংনবগা য়ারোইদবা লৈতে
খুৎলাইগী মরুম থুপতুনা
পাঙ্গল শক্তি ফুদোকপীগন্নু

হাৎনবনা মালেমদা কান্নরোই
হাৎনবা নত্তবা অতৈ লৈতরবরা ।
শাগী লীচৎ মীওইবদা থুংলরে ।
হাৎনবনা অচুম্বা পুরক্লদবা নৎতে
অচুম-চুমদা অরান-লানদা
পুন্নমক খঙনৈ উনৈ হায়দোক্লদবনি ।

তাং ১০/১০/৯৯

# কিনরবসিদা

অঙানববু অমুক কিনরবসিদা
করম্না হিংগদৌরি মীওইবশিং
প্রকৃতিগী খোংচংতি কায়ত্রি।

অঙানবনা লাকপগা ইরোইননা
লেপ্তুনা থোরকলি থৌদোকশিং
মাম্নদবা মীওইবগী থাখলশিং

নাম্থোকতুনা চেনবস্থু য়ারোইদৌরি
লাকদবা অরাবশিং মথং মথং
উরগদবা থৌদোক কয়াশিং।

খুংতা নোংমৈ পায়দুনা
অঙম-অঙম্বা হাৎনরিবশিং
অকনবা থৌনা উৎনরিবশিং।

অশোনবগী তেংথা খোঙ্গেলশিং
পুম্নমক থিংলুবস্থু ঙমলোইদৌইবি
করম্নদি হিংগদৌরি পাঙত্রবশিং।

অঙানববু অমুক কিনরবশিংনা
অমম্ববু ঙাইরি, রানা যাম্না রানা
মমশিল্লু য়াত্রবা মতমসিদা। *

তাং ১১/৯/৯৮

# শৈরেং ইবা লোইজখিরোই

পুলিসনা মফম খুদিং লৈরকলি।
ঝাথোক মশিং হেনগৎলকলি
পুলিস প্রজা খেৎনরকলি
লৈবাক ইরাং হেনগৎলকলি
মন্ত্রিনা শেল চাবা ঝাংখৎলকলি
ওজানা পরিক্ষাদা তাকপা হেনগৎলকলি।
ছাত্রনা পরিক্ষাদা ফোঙনা সিনগৎলকলি।
সিফাইনা মীচম হাৎপা হেনগৎলকলি
মফম খুদিং কবপসন ঝাংখৎলকলি
সরকারস্থ অরানবা হৈনরকলি
ডাক্তরনস্থ শেনচাবা হৈনরকলি
পুলিসনা পৈশাচাবা ঝাংখৎলকলি।
রাজনীতিবালাশিংনা অরানবা ঙাংখৎলকলি
শুনিংদবা মশিং যামখৎলকলি
মীতোপ মশিং যামখৎলকলি
লাইব-অনং খেৎনরকলি
লোমীনা অৱাবা হেনগৎলকলি
পেন্দবগী খোল্লাউনা নিল্লকলি
অচৌ-অশাং মায়রকলি
অবানবনা অচুম্বা শারকলি
পুম্নমক অচুম্বা লাকত্রিমথৈ
শৈরেং ইবা লোইজখিরোই। * তাং ২/১১/৯৮

—পোখ্রাবীরসি—

## অইবগী ফোঙলবা লাইরিকশিং

লীলা

১. চীংগী ইচল ১৯৯০

২. কৈদৌঙৈ লাক্কনি তামোচা ১৯৯২

৩. জজ সাহেব - ১৯৯৫

৪. ঙসিগী মণিপুর (১বা শরুক) ১৯৯৫

৫. যোৎকী খুজি (১বা শরুক) ১৯৯৫

৬. ঙসিগী মণিপুর (২শুবা শরুক) ১৯৯৫

৭. মৈরীক্তগী মৈজাও ১৯৯৬

৮. বার্কচিংগী নোং - ১৯৯৭

৯. ডাক্তর বাবু - ১৯৯৭

১০. কৈদৌঙৈ লাক্কনি তামোচা (২শুবা খুৎনম) ১৯৯৭

১১. ওলাংথাগী লৈবাকলৈ - ২০০০

উপন্যাস

১. মেরী - ১৯৭৫

২. অমুক্তা উন্নসি ১৯৭৬

শৈরেং

১. ইম্ফাল সহর ১৯৭৫

২. শাবী লাউ-লাউ - ১৯৯৬

৩. অচুম্বসিবু লৈরিবরা - ২০০০